# গেংগুপ্রখা আহিং




কুঞ্জবীহারী

# নোংঙান্দবা অহিং

য়েনশেম্বম কুঞ্জবীহারী

লুহিনি পাব্লিকেসন্স,
লাংথবাল মন্ত্রিখোং, ইম্ফাল, মণিপুর

Nongangleiba Ahing— a collection of Poems by Yensembam Kunjabihari, Published by Luhini Publications, Langthabal Mantrikhong, Imphal Manipur, Pin—795008, First Edition 1995. Pp, XI+84, Price, Rs. 50.00

অহানবা ফোঙবা : ওক্টোবর ১৯৯৫

অফোঙবা : লুহিনি পাব্লিকেসন্স, লাংথবাল মন্ত্রিখোং, ইম্ফাল, মণিপুর—৭৯৫০০৮




মথুম য়েকপা : বিরেন্দ্রজিৎ নাওরেম

ছাপা নম্বা : সিএচ, সোমোরেন্দ্রো সিংহ
দি পাব্লিক প্রেস, শিংজমৈ ইম্ফাল—৭৯৫০০৮

মশিং : ১০০০

ফংফম : (১) অইবা মশা
(২) মণিপুরী লিটরেরী সোসাইটি, ইম্ফাল
C/o মণিপুর হিন্দী পরিষদ, ইম্ফাল

মমল : লুপা ৫০/-

লাই ওইখ্রবা ঐগী

ইমাবু পোকপীরম্বী ইবোক

শ্রীখোইরোম মায়পাকপীমচা অমদি

ঐগী পাবুং শ্রীয়েন:শেম্বম বীরা।

অনিগী মফমদা।

# ৱাহৈ খরদং

মীওইবগী পুক্নিংগী ঈহুল হায়বসি চাংজৌ নাইত্রবা ঈপাক্তা অরেপ্পা লৈতনা শামন্নিবা ঈথক ঈপোমগুম্বনি। মালংবগী তাম্বাদা ঈপাক্কী ঈথক ঈপোম্না অনেম-অৱাংগী খোঙজেল নাইবগুম, মীওইবগী পুন্সিদসু অৱা-মুংঙাইগী থোদোক কয়ানা মীকুপ খুদিং শাফু কম্ন নত্রগা মোং হাদনা থম্মোইদা য়েরবদা পুক্নিংবু ঈথক ঈপোমগুম ঈহৌহল্লি। অসিগুম্বা মীকুপসিদা মীওইবগী ৱাখলদা হায়ফম তমফম খঙত্রবা মুংঙাইবগী অৱাবগী, পেন্দবগী শুর কয়ানা নীল্লক্তুনা পোত্থাফম খঙহন্দে। মতম অসিদা ইরুই ঐনা শৈরেং কয়া, ঈশৈ কয়া, মফম খঙদনা মতম কয়াগী মমাংদগী। ঐগী অসিগুম্বা খুৎইশিং অসিদগী অহানবা ওইনা শৈরেংগী লাইরিক অমা পুথোকচনবগী দমক ১৯৮৮ দগী ১৯৯৪ ইংগী সেপ্তেম্বর থা ফাওবদা ইজখিবা শৈরেংশিংদগী খন্দোক-খঙ্গিল তৌজরগা "নোং-ঙাম্রবা অহিং" কৌবা ঐগী শৈরেংগী লাইরিকসি শাগৎচবনি।

লাইরিকসিবু ওইনবা হোৎনবদা মপুং ওইবা লৌশিংগী মঙাল পিবীখিবদি ঐগী ওঝা ডাঃ নোংমাইথেম তোম্বী সিংহনি, ওঝাগী মফমদা অহানবা ওইনা তৌবীমল খঙবা উংচরি। অনিশুবদা লাইরিকসিগী শৈরেংশিং খরদা খন্ন-নৈনবা অমদি হিরম কয়াদা তেংবাঙ পিবীখিবা মণিপুরী লিটরেরী সোসাইটিগী মরুপ-মপাংশিংবুসু থাগৎচরি। লোয়ননা লাইরিকসি নম্বদা অচিনবা মতম কয়া কায়থোকপীহনা শীন-লাংবা অমদি লম-কয়াদা তেংবাঙ পিবীরকপা মেছীমরী থোইবা, নবদ্বীপ নিংথৌজা, অমসুং লাইরেনলাকপম শামুঙৌ সিংহনচিংবা মরুপ-মপাংশিংগী মফমদা তৌবীমল খঙবা উংচরি। অসিগা লোয়ননা অথুবা মতমদা

লাইরিক্কী মখুম য়েকপীরকপা ঐগী মরূপ বিরেন্দ্রজিৎ নাওরেম অমদি লাইরিকসিবু মতম চানা পুথোক্লবা হোৎনবীরকপা পাব্লিক প্রেসকী প্রোপাইতর এল, পুস্পারাণী অমদি প্রেসসিগী ইচিল-ইনাওশিংবুস্থ থাগৎচরি। অসিগুম্বা সাহিত্যবু মুংশিবিবা ওঝা-গুরু মরূপ-মপাং খ্বাই থিবীক্কী তেংবাঙ অসিনা মণিপুরী সাহিত্যদা ঐগুম্বা পাংজত্রবা অমনা শৈরেংগী লাইরিক অমা খুদোলজবা ঙমজবনি খল্লুবদা তেংবাঙবীখিবা পূন্নমকপু হন্ন-হন্ন থাগৎচরি।

লাংথবাল মন্ত্রিখোং।
তাং ২৬। ১০। ৯৪ ইং,

য়েনশেম্বম কুঞ্জবীহারী

# শৈরেংশিংগী য়াওফম

# নোংগী চুরকলো

ঐনা লৌশিং তারকপদগী
অতিয়াদা পাইরি
অমংবা নোংগী মপৈ অমা,
খোগংলবা লমদম অমবু
অরাম খোরাংবা
কোকহুনগনি হায়না।
তাম্নরি অঙাংবা নোংজাবী
মপৈ-মপৈনা
য়োংকন্দবগী নোংহুমশিংছু ;
নোংহুমশিংহুনম্ম শীংনরি,
ঐখোয় অমুক্তং
নোং ওইনা চুখিগনি।
য়াঙ্গংলবা তুরেলনা
লৈক্রক চংলবা মালেমনা
কংশিল্লক্লবা হৈপাল-লৈপালনা
রাকংপা তাবিরবা
নোংজাবীবু উরগা,
অশাও থাম্বী মৈহৌরবা
নোংহুমশিংহুনা
মরক-মরক্তা,
খঙংপ্রেক খংনা।

অথাক-অরাউ লোইননা
নোংথাঙ কূপ্লকই,
নোংমৈ শীংজং থাদরকই,
নোংজাবী মপৈ মপৈহৎনা,
নোং ওনবা য়ারোই লাউরিবা
নোংজাবীগী নাপল মরকুদা।
নোংহুমশিংহুদগী
নোংথাঙ কূপ্লকপা খুদিং,
নোংজাবীনা হেম্ন-হেম্ন ভাংলকই;
ময়া লাওনা কাথংলকই,
মরৈ হা-হা তম্লকই,
হেম্ন-হেম্ন তমথিরকই।
করিগুম্বদসু
নোংথাঙ কূপ্লহুদা
নোংমৈ শীংজং ভারকপদা
হু তৈরবা নোংজাবীগী
খোঙবী-খুৎনাও কেম্লকই,
মালেমথক্কা;
কেম্লকপহুদা
মাঙ তাক্লকই,
ফজবা লৈ,
নিংথিবা হৈপাল লৈপাল,
অদুনা কান্নদে—

নোংছুম মপৈ,
নোং ওইনা চুগদবা লৈরবদি
চুথরক্লো লেপ্তুনা
থোৌগংলবা লমদমসিদা !
ঙাইজবনি নঙবু
মৈ হৌরবা থম্মোই কয়া-বয়ানা,
মথান্নুংদা অমুক্তং শোকপীনবা ।
থবাই পানবা নঙনি,
থবাইগী তেংথাখোল তাদিহুনা
ঈথৌলাংলবা লমদমসিদা
নোংও চুরক্লো
হন্নুবা-হন্নুবী তাওথরো
পাংশোই মুরাবী তেকথংলো
লাংজীং মতোল থুমহংলো ।

# লৈপাক্লৈ

পামজবা থম্মোই কয়াগী
মীংমাংদা লৈশাং তমজরম্বী,
নৌঙরিবী লৈপাক্লৈ কয়া—
নেংথংখি য়োং তোপ্লবা বূংনা ;
তনৌরবী লৈয়োনশিংহূদা
পাম্মুবা খঙদনা । ⊕

# থম্বাল ওইনা শাৎলম্মু

উহম্মিংত্রবসু নওগী শক্তম
অঙনবা অয়ুক্তা
থম্বাল ওইনা শাৎলম্মু।
তাহম্মিংত্রবসু নওগী নপাউ
ঙংলম্মু লৈকাদা খোইমুগুম।
হাঙলবা থম্মোই লায়ুমদা যেকচগে শক্তম,
মুংশিবগী তুরী পায়হনা
ফজবা কৌবা মচুদা ;
ঈখৌলাংনা ঙাইজবা
ফংলরোইদবা নওবু।
কাওডমত্রবা থম্মোইনা
হায়জনিংবা কয়া
তমজনিংবা ইপাউ
খোম্বাং ওইনা নীল্লিবা
হাঙলবা থম্মোইদা ,
নওবু উরগা
পেম্ন-পেম্ন পাউমেন্নজগে.
মীকুপ অমতং ওইরবসু।
থাবলগী ঈপোমলক্তা
নহাক্না থাজ ওইরম্লবা,
অহিং খুদিং লৈজগে
থবাম্মীচাক ওইনা ;



কুঞ্জবিহারী

য়েংজগে নঙবু পেয়া
ফংবা কৌবা লৈত্রবস্নু।
নঙবু ফংনিংবনা
ঈখোলাংবা মীকুপ্তা
ওইবীয়ু নঙদি
অরাম খৌরাংবা কোকহল্লিবা
ঈচেল চাম্মা—চাম্মা,
থমজগে ঈথামুংদা
ঈকং নংলুম্নবা তুম্লেলগুম,
মীকুপ অমতং ওইরবস্নু।
হে ফজবা!
হে পামজবা!
থবাইগী থবাই ওইরিবা!
করিগীনো নঙবু থির-থিরগা
নঙনা অস্নম-অস্নম লোৎলিবা?
উঙনবীরো মীৎসিদা
ঈখোলংবনা কঙাওনরে,
উৎপিত্রবস্নু নঙগী অরোনবা শক্তম,
শাৎপিরো মীৎমাঙসিদা
থম্বাল ওইনা।

# কংখ্রে

লৈকাই-লৈকাই য়ুম মৈ চাক্লে!
"চাক্লসম্নু মুথৎনবা ঈশিংদি কংখ্র।"

নোংঙাম্রবা অহিং

# চুমথাঙ মখোঙ থিরুসি

মচু তরেৎকী চূমথাঙনা
নোকফেৎ তৌনা অতিয়াদা,
কৈগাক কৈনা থৎলগা
পোইরৈচাশিংদা হায়রকই—
"নখোয়না ঐগী
চূমথাঙ 'খোঙ থিবা ফংজ্রবদি
হিংবগী অর্থ ফঙহল্লোই
পোকপা শিবগী লম্বী
পিরগোই"
থরাই পাম্মুবা মীয়াম্না
মীপাইরহনা,
চূমথাঙ মখোঙ থিবা চৎনরকই;
মানা-মানা থাজবা লম্বীদা,
খরনা লৈ মরক্তা চঙখি,
খরনা মৈ মরক্তা চঙশিনখি ;
খরনা তিঙ্খং মরক্তা,
কাংবু অমনা অমম্বা লম্বীদা,
চৎনখি পংচৎতা চৎনখি।

# হোতেল

চাওখৎপগী হোতেলদা মীওইবা নঙ,
মকক-মকক তাউহনা য়োল্লকখিগনি ;
মতমহৎদনি মীওইবগী মমল তাংলকদবা।

কুঞ্জবীহারীগী

# শম্বল

ধর্ম্ম,
নঙনা
শম্বল অস্তুম-অস্তুম থাজিল্লি,
হৌরকফম লোইফম মায়জবা
মীওইবগী থম্মোইদা।
থাঙ পায়নহল্লি
মীওইবনা মীওইবদা,
নঙগী মচিল তূম্লবা
শম্বল মচৈনা
মীওইবগী থম্মোই-থম্মোইদা
য়ুংহুনা
নঙগী মফম কনশিল্লি;
মতুংদা নঙনা হরাওজৈ
থম্মোই-থম্মোইদগী
শীম্বরকপা
ঈখেং থকুনা চাওথোকচৈ,
ঐ হিংখিগনি
মতম কুইনা মালেমদা।

# লীপূন

ঐনা চংকদবগী হোৎনরি
নঙনদি পুনশিল্লি ঐগী খোঙ,
কল্লবা পুন্সিগী লীপূমা।

# নঙদি শকফম হোঙলে

মুংশিবা !
নঙনা লৈ ওইরিবৈ
মীওইবনা কয়াদা থবাই তাজরম্বা,
পুম্নিবু কয়াদা অর্থ লৈহল্লম্বা ;
ঙসিদি মুংশিবা নঙ
শকফম হোংখ্রে
লমচৎ ওনখ্রে,
মৈশা পুবা
মতমগী মুংশিংনা য়েবদা,
নৌরবী নঙগী
লৈকা খুদিং
তিঙ্খাং পাল্লক্লে,
অশেংবা লৈহিস্থ নঙগী
হু ওনখ্রে ।
মুংশিবা লৈনমস্থ মাঙখ্রে,
অপুম অশা
মনমতা নহ্লে ।
অহুনা মুংশিবা নহাক্তি
মীওইবগী অশেংবা থম্মোইদা
লৈশাং তম্বদি ফংলরোই ;
ননিং তম্মা ।
নহাক্তি নহাকী

কুঞ্জবীহারীগী

লৈকাপদা পাম্লিবা তিঙ্খং
য়ূদনবা য়োং তোপ্পবা
খুংশাতনা হেক্লগনি,
চেক্লা শাবা ফজরবা
অমাংশঙগী মপান্দা লৈতেংনবা ;
মচুতদা নহাক্কী
অপূন্বা লৈনমস্থু খঙলরোই ।

# অরাবা

লৈকোলসিদা
লৈথল শুনা শাংমিল্লরিবৈ;
য়েংবগী পেম্মাইদ্রবা
মফম ওইরম্মী ;
ঙসিদি—
কেল্লকপা মরু ময়ামদগী,
হৌরকপা লৈনা
কাংখূল অমগী মফম
ফংদ্রবদা,
ওইরে ঙসিদি অরাবা ।

নোংঙাস্রবা অহিং

# খুৎশেমগী থম্মোই

নহাক্কী ঐ হিংলম্মী,
ঐগী থম্মোইদা
অশেংবা থম্মোই
পাল্লম্বা মতমমতুদা।
ঙসিদি ঐগী থম্মোই!
লেনখায়ত্তুনা শিন্দোকত্রে,
খুৎশেমগী থম্মোই
ঐনা ইশি-শিনা তুম্লিঙৈ,
নহাক্কী মোল্লবা তম্পাক্তা।
ঙসিদি ঐঙোন্দা,
নঙগী অশেংবা শরুক হায়ববু
হিংনবগী মীহুলতা হুল্লিবা,
ঐগী থাঙ থাত্রবা,
হকচাং পোলাংসি মঙাইরে।
মসিননি ঐনা—
নঙবু হিংচাবীনি খল্লিবা,
নঙনা নোকপা উরগা।
অতুননি ঐনা—
নঙনা মুংশিনা কোল্লকপদা,
ঐবু হাৎকদোরে লাউরিবা।
মসিননি—
নঙনা ঐগী ইমানি হায়বদা

ঐনা পোক্তবীনি লাউরিবা।
মসিদনি ঐনা—
তাইওন্নবা বাখলতা খল্লিবা;
মহৌশাগা মান্নদবা।

## লৈ পরেং

অঙাংবা অঙৌবা
অশংবা মচু-মচুগী লৈনা
লৈ পরেং লেংলকপনি,
লীংজেল মান্নবগী লংজানা
অমত্তা ওইনা তাশিন্দুনা।
পরেং লেংবা লোইরগা
তংকদোরে ঙসিদি।
অঙাংবা লৈনা
অঙাংবা ঙাক্তা ওইনিংলকই,
অঙৌবা লৈনা
অঙৌবা ঙাক্তা পান্নকই;
অশংবা লৈনা
অশংবা মক্তা লৈনিংলকই,
মসিনি অৱাবা
মসিনি অকিবা ওইরক্লিবা!

# ঈরাওখোল

ইতিহাসকী মল্লোম পুবা
কল্লবা ঈচেল অমনা,
ঈরাওখোলগা লোয়ননা
নমখায়রকই,
নোংপোক সনা চীংজাও।
নোংচুপ চীংজাও উমংদগী
লমহুই ময়াম অমা খোয়রকুনা,
পম্বিংনবা হোৎনরি,
মীওইবগী লৌশিং পুম্বা
হাপচিন্দুনা।
পম্বিংনবা হোৎনরা-হোৎনরগা
ঈচেল কল্লকই
হেম্না-হেম্না নমখায়রকই।
ঈরাওখোলদুগী মরক্তগী তারকই
খোঞ্জেল অমা হৌনা-
"পম্বিংবা ঙম্লোই লমহুইশা
মীওইবগী লৌশিংতা হাপচিন্দুনা,
পম্বিংবা পাম্লবদি চীংজাওসিবু
ইতিহাসকী লৈমায়দগী
হাপচিল্লু,
অশেংবা মালেম লৈশাতা।

# চা গিলাস

অশেংবা
পুম্সিগী শক্তম মাঙপ্রবা,
হয়িং রা-রা ইল্লবা
হোতেলহুগী
নূরাথাঙলবা চা গীলাসনা
হায়রকই—
মশক ফজরবী লৈশাবীদুদা,
"তনৌরবী চীনবান্দুনা
চূপ্পীরকউ পেম্ম-পেম্ম,
নোং হেকঙানবদগী
মুমিং তাবা ফাওবা
ঐদি নখোয়গীদমক
হিংবনি ;
কনাদা লৈবগে রাকৎফম ?
মখুং থরেক্লবা
মো ইনবা
হোতেল বোইসিনা
থাদরগা কাইরবতদা
নালাদা পোথাক্তবা নত্তনা।
হুরানবগী চীনবাম্না:
অচৌ-অশাং মন্ত্রিগী মচিম্না,
লাঞ্জদবা কয়াগী চীন্দুনা

হঞ্জিল — হঞ্জিল,
ঐবু চুপ্পীবনি ;
মীনুংশিদি য়াওদনা।
অহুনা —
ফজবী !
নওস্থু —
ঐবু চুপ্প,;
হঙ্গোইগনু,
ঐগীদি য়াওদ্রবনি
পুন্সিগী অশেংবা মশক।'

# য়েংদুনা লৈরে

ঐগী মুংশিরবা খোঙ-খুং
পাম্মুরবা হুকচাংগী কয়াৎশিং,
ঙসিদি পীক্লবা উচি বোরাশিংনা
মনিং তমা চাবা হৌরক্লে,
করিস্থু লেঙ-ঙৎপা ঙমদ্রে
মখোয়বু তাম্থোকচনবা।
হিংলি হায়বতা ঙায়রে
চনিং-চমাং শমদ্রবা শ্বোর হোন্দুনা।
ঈখুং-মরু চাক থাজরম্বা
নোই পেল্লবা হৌদোংশিস্থু
ঙসিদি উচিশিংসে চাগনি থঙদ্রে,
য়েংহুনতা লৈরে। ⊕

# তম্মরাইশিংনা তম্মরক্লে

মরৈদাক নীংবগী ঈশৈ শকুনা
তম্মারাই ময়াম অমা লাকই,
চুরাম্থাবা ময়াম অমনা ঙাক্লকৃনা;
অদুগা য়েংলি—
শরু পোলাং ময়াম অমনা
অকিবা ফংলবা প্রুংলোন্দা
জগোই শাব্রিবদু।
মরোল থোক্তবা উপাই লৈজদবা
হৈপাল-লৈপালশিংনা
হাইনা হুমা থাওলি,
অদুগা খঞ্জে,
মতোম-মতোমতা
কৈদৌঙৈ কংগনি ঐখোয়!
ঈশিং চাইজবা,
লৈখোঙ শোমজবা,
মাল্লি মহারুদি কপ্লি,
হু পুবা নোংলৈ মুংশিং অমগী
মখোল তারকপদা।
তম্মারাই ময়ামদুনদি
অকিবা লৈতনা নোক্লি-লাংলি,
মুংথিল পোবোপ্তা তম্মরী,
সহরগী ময়োন্দা লৈরিবা

শায়োকশঙ ময়ামছগী
মমুংদা মপান্দা ;
অহুগা মচিন খৌরবা কলম্মা
মীওইবগী থম্মোই-থম্মোইদা
থিন-থিন্দুনা ইরি তম্মরাইশিংহুনা,
অঙাংবা মচুদা,
"ঐখোয়দি তম্মরাইনি
মীওইবা নখোয়গী পূন্সিবু তম্মরিবা !
মীওইবা নখোয়গী
খৌরি মেৎতুনা শান্নরিবা
মীন্নুংশিগা লোয়ননা ।"

## কেল্লনি হায়রে

চহি কয়া যুগ কয়া
মশিং থিঙমদনা
অতিয়াদা পাল্লিবা
মুমিৎ থা থবান্মীচাক,
লোইনা মুল্লহুনা
পৃথিবীদা কেল্লনি হায়রক্লে।
শুনিংদবা মীওইবতনদি হরাওরি
মুমিৎ থা থবান্মীচাক
মচেৎ-মচেৎ ফক্তুনা
যুগ কয়া চাম্মননি।

# খোইমুনবু রা ঙাওব্রা ?

মতমগী ফজরবা মুমহুগী
ঙমাং মচিহুদা
ফজরবা লৈকোলহুগী
মচু-মচুগী লৈশিংহুনা
শাৎপা উরগা ঐ ঙকথি !
ফজবগী ফজবা-মক্ত মীৎসিদা
মমিংদি খঙদে লৈশিংহুগী
ফজবা অহুতনি
ঐনা খঙলিবা,
লৈশিংহুগী নিংথিবনা
ঙমহুৎলবা মীৎসিনা
থবাই তানা য়েংলুই,
মুশিন-মুবা খোইমু অমনা
তঙাং-তঙাংবা
ঙাংশং-ঙাংবা লৈহুদা
লৈহিরা-ঈরা পেন্না চূপ্লিবহু।
পোমশাৎনবী খরনা
চোইজাইননা তারি
খোঙুল্লক্তা নীংবা কায়না;
য়ুঙাংগী মনম কোক্লিবা
অকায়বা লিক্লী
মচেৎ-মচেৎ মথক্তা,

নোৎ চবুন-চবুন
মোনখাঙনহুনা।
খোইমু খরস্থ পাইরি
মমীৎ ঙাওবী লৈশিংহুগী মরক্তা
থবক হাপকে
সনা শাবি'গ
কার ভোংহনগে
ঐ ঙকখি।
পূমঙক ঙকখি!
মরোল খোকপা
লৈকোলসিগী খোইমুবু উরগা।
লৈশিংহুনস্থ অমুক নোক্লকই
ঐবু উরগা,
ঐ পূমঙাও ঙাওখি!
অহুদগীদি—
ঐস্ব খপ্লকই
থৌনা অমগা লোয়ননা
লৈ অমদি হেক্কে
ঐস্থ মীনি মতমসিগী,
তিঙ্খং পান্দবী অমা লাম্লুই
ঐ অমুক্তা হেন্না ঙকখি!
লৈশিংহুনা নোক্ল-নোক্ল
অস্থম অস্থম লাপথোকখি,
খোইমুশিংহুনস্থ হুন্ন-হুন্ন
লংনরকই।

অহুদগীদি —
ঐ,
অমুক্না হেম ঙকখি !
ফজরবা য়ুমহুগী
নিংথিজরবা থোঙজাওহ —
মথম্তা হাংদোরকই,
ফজরবা পরদারহুম্
তপ্না হায়দোকখি ;
অহুদগীদি —
লৈহুনা ওনখি —
ফজবী মুপী অমা !
খোইমুহুনা ওইখি
মস্ত্রি হমুবা অমা !
অহুদগী —
ফীজেৎহুগী
নাপল কাজরবী
শক'হনবীহনা,
মস্ত্রি হমুবহুদা
ক্না মতপ থক্না ইনখি,
ঐনা মীৎ উইশিন্দুনা খাঙখি ;
মীকুপ্তুদা ঐনা
ইঙক-ঙক্না !
মীকপ থোকখি ।

# কনাগী মচানো ?

ঐখোয়বু কনাগী মচানো ?
শিদবা মপূনা পোকপরা ?
ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী মচারা ?
যীশু, অলানা পোকপীবরা ?
ইপা ইমাদি অমত্তনি হায়রু

অদুবু ঐখোয়—
শকস্তু মায়দে,
বাঙাংস্তু তিয়দে,
অচৌ-অপিক,
অথিবা-ফজবা
লোয়না থায়রি;
ধর্ম্ম তিয়দে
লোন মায়দে,
মায়রিবা হায়ববু
পৃথিবীদা লৈ অসিতনি।
অদুনদি,
হংবা তায়—
"ঐখোয়বু পোকপীরিবসি
পৃথিবী নহাক্রা ?
ওইরবদি হায়য়ু—
নহাক কনাগী মচানো ?
নমা মমিং করি কৌই?

কুঞ্জবীহারীগী

নপা মমিং করি কৌই ?
নহাক্না অশেংবা ইমা ওইরবদি
নঙগী নতম্পাক্না
হিংলিবা মীওইবা ঐখোয়
করিগী শক-চু মাল্লদনি,
করিগী লোন ধর্ম্ম তিন্নদনি
করিগী মীরা-মৈশা লাং,
অরা শকফম্লকনি।
নহাক্নবু সত্তি ওইরম্লবা
মমিংকী অকোয়বদা
ঈশৈ শক্তুনা,
জগোই শাড়না,
মতম কুইনা
মীওইববু
নাউঘোক নাউকোন্দুনা
হরাওনা লৈবা ফংলোইদ্রা ?
নহাক্তি পৃথিবী,
মান্নদবা নচা ময়াম পোক্লবগী
শিবা নাইদনা
লৈগদবী নঙনা
খঙডু খক্তা
থৌরি য়ান্দুনা
শিজগে হোৎনরিবা নত্রা ?"

# জগোই শাররোই

অহুঙৈগী মঙলৈপাক্তা
ফজবা নঙগী নরেংবান্দা
ঐবু তোংহন্দুনা য়েংহল্লম্বদাই !
ফজবগী ফজবা মক্তা !
উহল্লম্বদাই —
মুংশিবগী মুংশিবা ঙাক্তা !
অহুবু ঙসিদি,
মফম খঙদবা লম্বী অমদা
ফজবা নঙনা ঐবু পুরি
অমাংবা মপৈ-মপৈ মরক্তা
নখোঙ কাল্ল-কল্লহুনা ;
নোংশা কৈনা খোংবা মখোলবু
তাও হায়রি নঙনা
মুংশিবা ঈশৈনি থম্মা,
মফী য়াওব্রবা
মুপা মুপীশিংনা
শারিবা জগোইবু উরগা
ঐবু চৈরি নঙনা
ইন্দ্রিগী জগোই শাত্রে হায়না ।

## পামজবা লমদম

চাংজৌ নাইজ্রবা
ভাহাউবদা থিরুই
মনিং তম্লবা বাখলনা
পুম্সিগী পামজবা
লমদম অমতং।
অরা মুংঙাই খউদবা
পোকপা শিবা নাইদবা
কায়নবা মুংশিবা লৈত্রবা লমদম অমতং।
ঐগী মীগী নাইদনা
মীনা-মীবু মুংশিবা
অচৌ-অপিক থায়দনা
লৈমিয়বা লমদম অমতং।
থিরুরগা হম্ম-হম্ম বাখলনা
য়ৌনিংলকই ঙাইঙমদনা
ঈথৌলাংলবা লমদমতুদা,
মীকুপ্পুদা উরকই
অকিবা ফংলবা শক্তম!
করাম চাওবগী মীহুন
দং-দং হুন্দুনা
অশিবগী মচাশিংনা
নাপলগী মৈরি মথৈ চুখতুংনা
পাকচাউরবা মালেমগী

অশাবা খাংজাও মথক্কা
মরেং-মরেং চৎলিবা।
অমরোমদা অমুক উরকই,
তাইবঙ ময়া লাংদগী
নাম্থোরক্লবা থরাই কয়ানা
অপাম-মীহৌ,
অরা-মুংঙাই,
পূম্নমক তুংওইনা
লৈচিল নোংফাই মরক্তা
চৎলিবতু তাইবঙ রাংমগী
খোঙচৎ অমা থিহূনা।

## মৈখেৎ উপূ

পিশক পিংকপা
মৈখেৎ উপূনি
মৈথোক মচৈসু রামজদবা,
মহৈ-মহৈ লৌথোক্লুনা
পংখেৎতা খেৎলি
পাম্মুবা খঙদনা;
শুরু-শুরু চাক্লগা
অহুম মুৎলি,
অহাঙবা উপূ ওইরক্কদবা

মতমহুতা ঙাইরি ;
মৈ.থ'ক মৈকল করবা
ঽচৈ-কয়ানা
পরেং-পরেং লেংহুনা
উপুহুদা চংগদবগী
চনবোই-চন্দ্রবোই
অরোয়বা পম্বং য়ৌনবা।

# বন্দি শঙ

চাউখৎপগী য়ু থক্রুবদগী
পৃথিবী নঙ,
শকথম পুমহোং হোংখ্রে!
অকিবা ফংলবা চেকপলন্নুংদা লৈখ্রে!
মীওইবা হায়বা কাংলুপসিনা
নঙগী বন্দি ওইখ্রে।
নুমিৎনা নোং হেক ঙানবদগী
অশাবা মৈবুন পায়হুনা
মীওইববু শঙলি,
নীং তম্বা য়ারোই।
নুমিৎ হেক তাবদগী
থানা থবাম্মীচাক্সী বোম পায়হুনা
মীওইববু ঙাক্লি চেকশিন্না,

অতোপ্পা সংসায় অমদা চেনখিগনি।
যমনা তপ্তনা য়েংলি,
মতিল কূৎ-কূৎ য়োংলদুনা
ফাদোকী মতম শুড্রিবা মীওইববু
অচেংবা ভঞ্জা য়েংদুনা
হাংকদবগী। ⊕

# নুংশিবগা থেংনবদা

নঙনদি নুংশি পংহায়দা হায়,
ঐগী থম্মোইদদি
নুংশিবগী অর্থ খঙদ্রি।
শংবায়বা অতিয়া;
মচু ত্তরেংকী চুমথাঙ,
শরৎ পূর্ণিমাগী থাবল;
য়েনিংথাগী চীংয়া তময়া,
নঙনা কয়ারক য়েংহল্লি
অদুবু ঐদি
ময়েক শেংনা উবা ঙমদ্রি।
নঙনদি নুংশি পংহায়দা হায়,
ঐগী থম্মোইদদি
নুংশিবগী বাহং কয়া হংলি,
বাহংশিংদুগী মরক্তা,

মুংশিবা নঙবু উরকই,
ইনাক কৈরাক খুল্লবা
অচৌ অশাংগী য়ুমদা,
অমুক্তা উইং,
মুংশিবা নঙ,
সনা লুপা ফুরা-দল্লান মরক্তা।
অমুকস্থু উই,
মুংশিবা নঙ,
য়ুনম রা-রা নল্লবা
হুরানবগী নোং চবুন-চবুনগা
হুমাং ঈরিক কাবমথৈ,
নিংঙাইদনা তুম্মিন্নহৌবা।
নঙন্দি মুংশি পংহায়দা হায়.
ঐগী থম্মোইদদি
মুংশিবা নংগী চাংয়েং লোইহ্রি,
নঙগী চাংয়েং মপুং ফানবা
থম্মোই কয়া লেনথায়রুই,
মীকুপ্তুদা থেংনরুই,
নঙগী করামচাউরবা মীহুল;
নঙগী নাপল কারবা রাখল,
অনেম অরাং নাইরবা নরমচং,
পূন্নমক্তা ওনখিবা থম্মোইহুনা
নঙতবু নিংজবা

অশেংবা থম্মোই কয়াগী
শীরাং চূপশিন্দুনা লৈরম্বা
মসিদনি ঐনা নংবু উবগা
ঙকচান্নরিবা !
মহুননি ঐনা নাথৈহুনা চংশিংলিবা,
সুংশিবা খঙদবা শাহুনা। ⊕

# নংবু থিবদা

ৱাকং কয়া—
থাঙ্গংনবা নফমদা
থম্মোইনা ঈখৌলাংনা থিরিবা
নহাক্তি উদে মীৎমাংসিদা,
য়েংলুবা থুদিং ইহাঙতা-হাঙই ;
অহাঙবসিদা খোঞ্জেলদি তাই,
নঙনা কৌরকপগুম,
নঙনা নোক্লকপগুম,
ঐদি সিদা লৈরে !
হরাওনা চেনশিল্লুই !
লৈরম্মী অহাঙবা ওইনা !
থল্লকই ঐনা,
লোৎপগী মরম,
ৱাকং কয়াগী
খোইশাওনরবা মীকুপসিদা।

# ঙাইবা

অচিকপা অহিংগী
মীচিক-মীরাওখোল তাত্রবা
মীকুপ্পুদা,
মাগী মুপীহুনা—
তপ্পা হায়রকই,
"মোই ববা,"
মুপাহুনা—
"তুমত্রিব্রা অতো হৌজিকফাও ?
হা…!
তুম্বা শুকম্বা য়াদ্রে,"
"মচাহুবু মুংশিত্রব্রা ?
মাবু অমুক থিররোইদ্রা ?"
"ঐগী—
শোল্লবা পাঙ্গলসিনা
মাবু কম্মারক থিরুরে,
ফংবদি লৈত্রে,
কর্মদি তৌনি ?
ঙাইবা তারেদনা
নোংমা ইচাবু উজবদো
মোংফম থক্তা।"

# পৃথিবীগী লায়না

"ডাক্তর বাবু!
ডাক্তর বাবু!
ঐখোয়গী পৃথিবী নাৱে,
করি লায়না কৌবগে?
মবুক্তা পকাংদা ফংখৎলি
অস্নুক শাথিবা লায়নাসিবু
করি উপাইনো?"
ডাক্তর "হোপ লেস!
লায়েংবগী মতম হেনখ্রে,"
"ডাক্তর উপাই শুকলৈ লৈরম্লোইদ্রা?"
ডাক্তর—"লৈ-লৈ য়াম্না লুই"
"হায়বিয়ু ডাক্তর"
"মহিক ওল্লবা মীওইবনা
অশেংবা মী ওয়বা
হিদাক অমা ফংলবা
হিংখিগনি ঐখোয়গী পৃথিবী,
পুন্সি ম্নুংশাংনা,
নাদ-স্নেক্তনা,
লৈহৌনা লৈখিগনি
মহাক্কী ওয়বীত্তা
উক্ক-উক্ক।"

 কুঞ্জবীহারীগী

## লাইরক থীবী

অরাং নোংপোক ভারত চীদাইগী
নিংথিজরবী লৈরাং খোঙ্গুমেইরে !
নঙবু মুংঙাইনা পাল্লুনবা,
অশা চাউনা থাজরুবনি ;
অওং-অউন ভমহুনা,
নোংচুপ নঙগী কোম্মুংলেপ্পা।
অহুবু করি ওইরে ঙসিদি।
লুহোংবা মুমিং মক্কদা
নপুরোইবনা ইস্নোকপীরক্রুবী !
নঙগী নরাইবক ওস্নোকপনি।

## তাহৈদবা

অকল অথৌনহুনা
শাদিমৈ শাদি
অপাম মীহৌনহুনা,
মীওইবনস্থ কলকই পামকই,
মসিননি তাহৈদবত্তা তারক্লিবা।

# নুংঙাইরে ঐখোয়্

চহি, তরেৎ খুন্তাকপদা
লীংজেল মান্নদবগী
অনৌবা পরা অমা তম্বীনবা
ঔরানা ওৎখিবহু নীংশিংলি
ঐখোয় ঙসিন্থ নীংঙমদনা।
অঙৌবা জাতিনা মতম খরদৎ
শারঙ মঙ্গুংদা থমহুনা
চাউখৎপগী শিকার তম্বীরম্বখুদি
বারৌরি ঙসিফাওবা
মীথা পোল্লুরে খন্দুনা।
অহুবু ঙসিদি
নুংঙাইরে ঐখোয়
নীংতম্বগী তম্পাক্তা
নীংতম্নবা তীঙ্গংশাঙ্গংলবা
মচা মশুশিংনা শান্নরি মুক্তা
অশিবগা লেপ্পা লৈতনা,,
য়েংলি কুম্মৈ মীয়াম অমনা
অশিবনা নম-নমহুনা হাৎপহু।
অশিবা মপৈ-মপৈহনা
শারি নীংতম্বগী লানবনঃ

 কুঞ্জবীহারীগী

# করি অমুক লৈরি?

মহৌশাদি ইমা নহাক
থাজ কোটি-কোটিগী
অহৈংবনি।
মুমিৎ কোটি-কোটিগী
মঙালনি।
অথৌবা লিশিং-লিশিংগী
অপোকপীনি।
মীহৌনবম ওইবা নগুণতনা
নশরুক্লি।
মীপান তাংদনা ছিংবনা
নঙগী হৈনবীনি।
ঙসিদি কদায়দা চৎখ্রে?
নঙগী নগুণ,
নঙগী নঙাল,
নঙগী থৌনা,
নঙগী হৈনবী,
নঙগী লমচৎ,
নঙগী মীয়ুংশি।
তাইওনবা কিক্লোৎ লৈতেংদুনা
তৌরিমথৈ য়াদুনা
ননাসু পংশিরে,

নম্মিংন্থু উশিন্নদে,
নরোলন্থু খোকচিন্নদে.
ঈ পীথক্লন্থু অহুম থকই,
মৈরি খোক্না চাক্লবন্থু
শাই কৌবতা হায়দে।
নচা মশেল হাংনবগী
শাঁরাং মরিক অমত্তন্থু শীন্থদে.
মসিবু ইমা!
নঙগী করম্বা.
অনৌবা তাইবঙ অমগী থুংশেম
লৈরিবগেনে?
অপোকপী!

## তম্প্যাক্তা

ইমা! নতম্পাক্তা হিংজনিংহুনা
থকচবনি ইমাগী খোম্লাং
অহুবু ইমা!
নঙনদি—
অশেংবা খোম্লাং শীন্থবীরক্লে.
পীথক্লে হুনা ঈপুক থম;
মসিদবু করম্বা
মোমোন মীনোক্লহুনা
অপোকপী ইমা কৌসিগে।

## মুন্নবা

মমানা য়েংকী খুদাংদা,
মমৌনা ওইগী খুদাংদা,
চিংলি ওন্বা তান্নরি,
থাঙলি মচাহুনা মপুন্নোইবহুনা ;
ময়াইদা লেপ্পহুনা।
মমৌনা হায়—
"ঐগী মুপানি
ঐনা পামজনা লৈজরকপা,
ইমা ইপাবু খাদোক্তুনা
মাগী মতুং ইন্নকপনি,
মহাক ঐগী ওইকম থোকই।"
মমাহুনা শাওরকই—
"থা তরা নাউপুহুনা পোকপনি,
মহাকথক্কী
অবাবা খঙদ হোৎনরু,
মাবু মহৈ তমহন্নকপনি,
কান্ন তোংহন্নকপনি,
ঐগী ইচানি
ঐগী ইচা ;
মমাতবু নিংজরম্বা
শকহেনবী নঙনা লাক্লিঙৈ।"

শাওরবী মমাহ্নুনা
শোল্লবী হনুবীহুনা
অয়োইবা থোনা পুথোক্নুনা
চিংজরি মচাবু
মপী থক-থক তানা।
নোক্লা-নোক্লা চীংলি
মমৌনুপীহুনদি
জর-জর চিংশিন্নখি
মচাগা মমৌগা।

## লোৎখিনি ঐ

লোৎখিনি ঐ
নঙবু উনিংবনা কঙাওনরবা
থম্মোইবু থেমহ্নুনা,
অমম্বা মরক্তা
নঙনা ফজনা উরিবা
শক্লোন অমা
হোৎবা ঙমদ্রিফাও,
ঙাইবা ঙমদ্রগনা
চৎপ্রো নঙ,
শাৎপ্রো গম্লাগী
বোনসাই তৌরবা লৈওম।

## হু পাম্বী

লমদম অসিগী লৈহাওদা
হৌহনজরকপনি
লৈঙাক্লোন পাম্বী অসি
কাংখুলদা পিশক-পিক্না।
কংখিগদ্রা মীপাইহ্নুনা মীয়াম্নস্নু
ঈশিং চাইজরকপনি
চহি মঙা খুদিংগী,
পামজবা মহৈহু চানবা।
অত্তুবু ঙসিদি
পাম্বীসি বাংথোইরে
য়েংবগী পেনবা নাইদ্রে।
অত্তুবু অৱাবনি
ফজরবা পাম্বীসিগী মখোঙদা
করাম চাউবা মীওই কয়ানা
হু হৈজিনবীরে,
পাম্বীসিগী মথৌ হোংহনখ্রে
উখাদা চংবা ঙম্নদ্রে
থৱাই পানবশিং ৱাম্নরে
ওক্সিজেন চুপশিনখ্রে
নাইট্রোজেন থাদোরক্লে,
পাম্বীসিগী মপাল শাংহুনা

মহৈ য়াল্লবপস্থু
চাক্লবা খুদিং ডাওচংনরে ;
হুই অডাওবগুমলে,
লাঞ্জদবা পাম্বীসি
য়ানথংলনি হায়বীরে
থবাই পানবশিংগী মাওনবা
হু পাম্বানি ডাংনরে।

# নুপী

ফজবা কৌবা মচল
পুন্নমক্না তিল্লবী
নহাক্নী মীওইবগী থবাই,
নহাক্নী মীওইবগী মমা।
নহাক্কী মীনোক খুদিংদা
সংসারসি সর্গনি,
নহাক্কী মীকপখোলদনা
সংসারসি নরকনি,
নহাক্কী হাকয়বদা
মালেমসি উৎপুংনি।
গুণ পুন্নমক্কী তুংনফম নঙনা
করিগীনো অহুক মীপাইগল্লিবা ?
করিগীনো অসুম তোম্বরিবা ?

ফত্তবা মীংচৎনিবু ছাম্নবা
করিগীনো নশরুক্তা ওইরুরিবা ?
কান্নদে নরিল ফুদোকউ
খ্বাংচেৎ কম্না লাকশিল্লু,
পুনশিল্লু অফাবা শন্নাং
চঙশিল্লু লানফমদা ;
মঙবু মায়থিবা পীনবা
শেম শারিবা লান্মী তেঙ্গোম্লক্না।
নঙগী মীচং কয়া-কয়া
ঙাইহৎনা লৈরিবনি
নঙমা থৌনা লৈনা থৌদাবা।
নঙনা খঙদবনা পাথৎপনি !
য়েংউ ! কনাবু লৈবগে ?
তাইবঙপানসিদা নঙনা ঙমদবা,
ফজবা, মুংশিবা, মুংঙইবা,
খঙ্ঙুরবা মীপুম খুদিংদা।

# শাথেক হৈবী

নঙদি ঈথক ঈপোম্নী
থম্মোইগী পাক্লবা ঈপাক্তা
ননিং তম্না শান্নরিবা।
খঙহৌদনা লাকই!
খৎহৌদনা মাঙখি,
মীকুপ খুদিং মীপাইহল্লি।
শাথেক হৈবী নঙগী জগোইনা।

# মৈ ওন্নিংলক্লে

মীওইবনা লৈ ওইজনিংলম্মী
মালেম লৈমগী
তম্পাক্তা শাংপা,
অঙৈংবা মুংশিংনা
লীরি-লীরি হুন্নীডৈ
হকচাংদা।
মশা নারবা
পূন্নম নম্লবা
অশাবা মুংশিংনা
মনিং তম্না শিংলক্লবা
মতমসিদদি—
মীওইবা মৈ ওন্নিংলক্লে,
চাকথেক্লবা
মালেম লৈমবু। ⊕

# হি-য়াই

নঙনদি তূম্লি
য়াই থারবা ফমুংসিদা
মীকপ থোকপগী অশা য়াওদনা,
ঙাইরি কাংবু অমনা
নঙনা মীকপ থোকপা
শীন্নরমগদবগী মৈহৌরোলগী হি-য়াই

# পাউখোং

চীংদা শাংপী ইঙেল্লে
চান্নদনা কেনখিবা
কেনবা হৌনৈ কেনখিনি,
অচিকপা পাম্লু বগীনি।

চীংদগী বাকোম্না
তমদা পাইগে মহায়বা,
তমদগী বাকোম্না
চীংদা পাইগে মহায়দবা,
অপংবনি করম হায়সিগে,
পূকচেল চাউই করম শোনসিগে।

খা-খা থাবুংতোন
নচা মোরাম্বী পোবীগে,
পোবী শনম নম্বীগে,
হৈবোং চয়োং অমত্তা
থাদবীরকউ থাবুংতোন,
নথিরক্তা তাখরে
চামথোক্লগা মচাশি
থিক নেম্বনা খা লাম্লু বগীনি।
হৈরাংখোইনিদা,
চান্নবা হৈনিদা,

সিবুদা থোইনা হাওবা হৈদি
অঙম্বগী য়েন্সাংনিদ',
শাবী লাউ-লাউ
চৎশি লাউ,
ৱানোম্বা চৎসি লাউ।
সে-সে সেবোত্তি,
লাইশ্রা মচা সেবোত্তি
নঙগা ঐগা কাওনসি,
তোঙান-তোঙান তায়সি
মীচং শঙ্গল খোয়সি,
চৌন্দদি মরাওসি,
ইচিন-ইনাও অমত্তনি,
ইমা অমত্তগী মচানি।

## মীচং

ইমাগী
গর্ভনুংদগী হংঙা মীকপ্পরকউ,
অশিবনা—
থোরি মীওইববু তোংহনা।
মীওইবনা কাওথোক্লি,
অশিবগা
লোয়নরি মীকুপ থুদিং।
হাৎতোক্লরি অমগা-অমগা,
অশিবগী মীচং ওইহনা।

কুঞ্জবীহারীগী

# নহাক ফী শেৎলো

শকহেল্লবী
হে মহৌশা কৌবী !
মন্থরক্লবা নঙগী ফীজোলবু
ইকাই-ইকি খঙদবমখৈ
ইকোম-কোমথরকপা
উরকপা মীকুপ্পা,
অচেৎ-অকোম য়েংলিবা
অশিং-অৱাস্থাগী মালংবনা
নঙগী ফীজেৎ লৈতেং
অমপ্তা খাক্তনা হুমদোকপিপ্রে।
লৈচিলগী ইম্নফীনা
ইকাইনা খুমজিঞ্জরম্বা
চৌংশাং নাপোমগী
নীক-নীক লাউরবা থবাক,
হৈরাং-লৈরাং উরী-উনাগী
শংবাম্নবা ফীজোলনা লৈতেং ওই,
ইকাইবা মাঙখিনি
চেকশিন্না শেম্নজরম্বী,
পামজবা থম্মোই কয়াবু
হুংশি ঈথক হোইহল্লম্বী,
ঈখৌলাংবা থম্মোই-থম্মোইদনা

অরাম খোয়াংবা কোকহনবা ওম্বী,
নওগী অরোনবা মুংশি লোকমাই
য়েংলে উরে!
লোইরে নও!
ইকাই-ইকি খওদ্রে।
লেপ্পরে মীৎমাংসিদা
ওইরতুনা ফজবগী মবেম্মা মেম্নকা,
প্পামজবা থম্মোইগী অপস্রা
কংলৈরোনগী থবাই-থাজ থোইবী,
তাইবং ভানবী মোনালিশা,
গুমহৎয়াই পুবী শকুন্তলা,
লৈবাকবাথোক্লবী ত্রোইগী হেলেন
উরবদা উওমত্রবা উজনিংবনা মীৎমাংদা,
ফোংলরবদা ফংওমত্রবা ফজবা পুম্বগী অরোনবা;
মুংশি পাম্মু থমজনিং
য়েংজনিংবা খুদিং উজনবা
লাইয়েকপা লিশিং লিশিংনা
য়েক্কে লাক্লরি নওগী শক্তম
মচু-মচুগী তুরী পায়হনা
অদুবু ওম্নদে য়েকপা
নওগী অনৌবা ফীজোল হোংবা ভাইরি
মনিং তম্না য়েকচনবা,
অদুগা হংনরি থম্মোই-থম্মোইদা

হে ফজবা ! হে উঙমত্রবা !

হে খৌরাংবা ! হে পাম্মুবা !

নঙগী মচল শুরবা শক্তম্মু উরগদি

মীৎমাংসিদা—

করিগীনো ফংত্রিবা নঙবু য়েকচনবা মচু ?

অহুগনে মহৌশা

নহাক্তগী রাজবা খোইমু-খোইরেল কয়ানা

মালংবা মাবু তত্তনা রারৌরি

ইকাইনা লেপ্লীবী মহৌশাবু উরগা,

নুংশি নাক্তা পাইশি পাইঙমদা

নঙনা ফীজেৎ লৈতেংলকপত্নদা ঙাইরি ;

পাইশিনগদবগী মথানুংদা ।

ইনখৎলকপা মতমগী শাবী-শানৌ কয়াম্নু

থম্মোই-থম্মোইদা

নুংশি পাউখোং চক্লবা

পূক্লিং কিশি কিন্নরম্বা কয়া—

নঙগী ফজবা অরোনবা পুম্বা উরবদা

ফোঙঙমত্রবা নুংশি পাউখোং ফোঙলবম্থ

পূক্লিং য়রা-ফোংদোক্লা

নুংশি পরৈ থোক্লবা

ঙমজদে ইকাইবনা নুংবঙনৈ ।

অহুনা মহৌশা—

ঙাইরি মতমহু,

নঙনা শংবান্নবা ফীজোল হোংলকপা,

চীংয়া তময়া লবুক-লম্মাং
কোইনা-কোইনা চৎতুনা
মুংশি মীৎচান্নহনা
মুংশি লৈপুন শেম্নবা।
অহনা মহৌশা
নহাক্কী পামজবা ফীজালদো শেৎলো,
নঙনা কজবা পৃম্বগী মবেম্মা
ওইহনা লেপ্লরো মীৎমাংসিদা ;
কৌনিংবতা কৌজরম্থ মীপুম খুদিংনা
কৌজগে ঐদি নঙবু ইমা !
নঙগী ফংঙমত্রবা অমৃত
থকচগে পেন্ন
শান্নজগে নতম্পাক্তা
হুন্নীদা গুবা নারাগুম।

# পোকথাইখ্রো

পৃথিবীনা অসুম-অসুম পীকশিল্লকই,
মীওইবনা অসুম-অসুম চাউরকই,
পুবদা লুম্নবা পৃথিবীনা
শাপ তৌরকই—
"মীওইবা নঙদা
দঙ লাউনা পোকথাইখ্রা।"

# নোংঙান্দ্রবা অহিং

অহিংতা ওইহ্রুনা লৈবা লমদম,
নহাক্কী নোংঙানগদবা
মুমিৎপু লাকখিগদ্রা ?
য়েংউ ! করিগীনো উদ্রিবা ?
উননবা নল্লা মীৎসিবু ?
অমম্বা মরক্তা অকিবা ফংলবা
অহিং চাম্মা-চাম্মাগী
ফীজোল শেৎলবা
অমুবা হিংচাবা মপৈ-মপৈনা
অঙানবা মুমিৎকী লম্বীবু থৎলিবা।
মসিদবু—
মখোঙ মখুৎ পুল্লবা
মরৈ ককথৎপিগ্রবা
মীওই লিশিং-লিশিংনা,
অয়ুকী লুম্বু-লুম্বু শাবা
কোরৌগী মৈশাদা
হিংখিগনি খল্লি ;
ঐখোয় অমুক্তং মুংঙাইনা।

# য়ুম

কাংলুপ খুদিং পুন্না লৈমিন্নবা
য়ুম অমা শারি,
মীয়াম্না লৈজবী পুখোক্তুনা।
য়ুম্ফম থোঙ্গংলি
অসুম-অসুম থোঙ্গংলি
ঈশিং ঈচাউ লাকই
ঈশিং হেক্তা থুমজিনখি,
ঈশিং অমুক কংথখি
লৈপাক হাপচিল্লি হান্নগীদু য়ৌনবা।
লৈরঙ তাখংলি কন্না তাখংলি,
য়ুহার হারকই
হেক্তা নিংখায়খি।
অমুকসু শারকই
চাউখৎপগী লৌশিং হৈজিন্দুনা,
য়োৎনা মখোঙ হৌরকই,
য়োৎনা মথক কুপ্লকই,
য়োংকী য়োং-মক্তা
শারে য়ুম
লোইরে লৈমিন্নবা চল্লনি,
হরাওনৈ লৈমিন্নবা পাম্বশিং,
খঙহোদে !

কুঞ্জবীহারীগী

য়োৎকী-য়ুমহু
মতমগী মৈরী পুবা
নুংশিৎনা হুম্বদা
ওল্লকই লৈঙোইনা শাবা য়ুম
অত্তুদগীদি
হুমদোরকই অস্থুম লৈঙোইশিংহুনা
মারুভুমি তমনা।

## কিন্থরক্লিবা মূর্তি

নঙগী অশেংবা মূর্তিনা
নোংম-নোংমগী
অস্থুম-অস্থুম কিন্থরকই,
ঐগী থম্মোইদনা
নঙগী ময়াগী শক্তম্না
ময়েক হেন্ন-হেন্ন শেংলকই,
তাইবঙসিস্থ
নঙগী নঙ মক্ত ওইরকই।
মসিদনি ঐনা থারক্লিবা
ঐগীনি হায়বা
খোঙফম অমত্তং থিবদা।

# ঈখৌলাংবা থম্মোই

ঈখৌলাংবা থম্মোইনা থিরকপনি
মতম কয়া লোৎলিবা অমবু,
ফংগনি খল্লি থম্মোইনদি
নোংমা লেপ্তবা খোঙচৎসিগী
মফম খঙদবা লম্বী অমদা।
হায়ফেৎতং উহল্লগা
মাঙখি অমম্বদা
ৱাহং লিশিং-লিশিংগী
মৈ হৌরবা পাউথুম পুত্থনা।
মৈচাক্তি অস্থম-অস্থম হেল্লকই,
উনিংল-উনিংলগম্থ
অস্থম-অস্থম তামখি,
থম্মোইগী নিংশিংবনা
অস্থম হেল্লকই।
ঈখৌলাংবা থম্মোইনা
হায়রকই মফম খঙদ
থম্মোইসে পোকখায়রগে।

কুঞ্জবীহারীগী

## গুলাপ

মীৎনা হায়—
"গুলাপ নঙ ফজে!"
থম্মোইনা হায়রি—
"লৈখোক্লা তিথাং পাল্লি।"

## হৌদোংনা নোকই

নোংশানা ওনবা উচিনা
হৌদোং মমাংদা হায়রুই—
"ঐখোয় নোংশানা ওনবনি।"
হৌদোংনা নোকই!
শিরমদাই চোইরোলনি থম।

## মোংফম

ঐগী পোক্লফমনি ফজত্র?
নত্তে-নত্তে মোংফমনি লাঞ্জদবশিংগী
চাক্তাফমনি শাহিংচাবশিংগী।

# চৎমিন্নসি ঐগা

পল্লেমগী পিবুকমুংদগী
হুংঙা মীকপ্নদুনা
তাইবঙ-পানদা খোঙদারকপা মীকুপ্তুগী,
নঙনা ঐগী ইতুং ইন্নরি
ঐগী ইমি ওইনা ;
ঐনা তৌরিবমখৈ তৌশিন্নদুনা।
অদুগা হায়রি তত্তনা—
"পুবিগে নঙবু
নঙনা য়ৌদ্রিবা মফমদুদা,
হন্দোক্লম্মু নঙগী
ফীজেৎ লৈতেং য়াওত্রবদি
মীমাংদা থোকপা ঙমদবা
হকচাং পোলাংদু,
চৎমিন্নসি থৱাইদুগা ঐগা
য়েংহনগে লমদমদুগী কুম্মৈ।

# থম্মোইদা লৈবীয়ু

মুংশিবনা লৈরি অহাঙবদা,
মীওইবনা হায়জরি থম্মোইদা লৈবীয়ু।

## তাইওন্নবা

থাবল ফবা অহিংদা
থাবল লৈগী লৈনমদা
থাবলগী ঈশৈ শক্লম্বা
ঐহুনি ঙসি।
খুৎতা থাংশাং পায়হুনা
মৈ হৌরবা থম্মোই পুহুনা
থাবলসিমক্তদা চৎলিবা
মফম খঙদনা।
বসন্তগী লৈকোল্দা,
বসন্তগী হৈরাং-লৈরাংগা লোয়ননা
বসন্তগী মপাউতা তমীংলম্বা
ঐহুনি ঙসি
বসন্ত ঋতুসিমক্তদা
খুৎতা যুগী লীক্লী পায়হুনা
ঋতুসিগী অর্থ খঙদবগুম
ঙাওচৎনরিবা মফম খঙদনা।
মুংশিবা মাগীদমক রাজরম্বা
মুংশিবা মাওনা ওৎলম্বা,
মুংশিবা মাবু উরগা
মনাক্তদা লৈনিংলম্বা ঐহুনি ঙসি
মুংশিবগী মাংসিমক্তদা

খুংত্তা হু পায়হ্না
ঙুংশিবা লৈত্রবা লমদম অমা,
লাংতক্লনা থিরিবা মফম খঙদনা !

## হরাওবা

অৱাংবা চীংদোলদগী
অমুক্তং য়েংথরকউ,
চীংস্লান মাপন্না কোয়রিবা
ঈপাকসিদা,
মঙক য়ৌনা
ঈশিং থুমজিল্লক্লবা জীবশিংনা
হরাওরিবসে ঐখোয় মীনি
ব্রহ্মামক্না পোকঙমত্রবা ।

## চুপ্পা

মথানুংদা অমা কোনশিল্লগা
ঙুংশিনা চুপ্পিরকই
পোকপদা ঙাংরিবা মচাবু,
"ইমাগী ইবুংঙো নঙননিকো
ইমাবু হাংকদোল্লিবা ।" ⊕

# য়েক্লগে শক্তম

ইমা !
নচাগী মীৎত্তা উহনবীয়ু,
ইমাগী ঈং তপ্লবা
মহৌশাগী নিংথিরবা শক্তম ।
য়েকচগে ঐস্ন
থুংতা তুন্নী পায়হুনা
পীবীয়ু য়েক্লবা মচু-মচু
শংবান্নবা লবুক-লম্মাং,
চীং পাং তুরেল
বসন্তগী হৈকোল-লৈকোলগী !
অদুবু ইমা !
নচাগী মীৎতদি
উহনবীদ্রে নঙনা,
পামজবা য়েকচনিংবা শক্তম
পীবিদ্রে য়েকচনিংবা মচু,
উহনবীরে ঐবু
নরৈ হা-হা তম্নবা,
নশম-ননা ইফা-ফারবা
ঈহিং-নাহিং তৈরবা
ফীজোল শেৎতুনা
নমিৎ ঈ কাবমথৈ

খুদোম্বীভা মথিল্লি
য়েক্লনবা শক্তমশিংসিবু
লাম্মে চাকপ্রবা
মরু কোক্লবা চাংজাও,
চাউখৎপগী অমোৎপা
মপৈ-মপৈ পুহনা
মীওইবগী ঈতনা ঈচেল ওইরগা
ওন্দে-মান্দে চেল্লিবা
তুরেল কয়া-কয়া।
লৈকংলা ওইরবা মালেমদা
কংবা ঙাইনা হৌরিবা
হৈপাল-লৈপালগী শক্তম,
মীনা-মীবু ওৎ-নৈবগী
চোকথরবা মীওইবগী শক্তম;
মসিয়া ইমা!
নহাক্না য়েকহল্লিংলিবা?
করে ইমা!
ইমাগী নিংবা থুংহল্লগে,
য়েক্লগে ইমানা য়েকহল্লিংবা
শক্তমসিদা,
খঙহল্লগে মীপুম খুদিংদা,
শকওং কায়রবা
ইমাগী অপাম্বা।

## খাম্বা য়াখিদে

ঐগী শৈরেংদি
ফীজেং লৈতেংদুনা,
কেজ-মৌজদুনা,
থোরকপনি থম্মোইদগী।
অদুবু—
চাউখৎপগী খুংলাইনা
নাপলগা লোয়নবা শারকপা,
মচিল থোরবা কলমনা
অঙৌবা চেবাংদা থেংবদা ;
লমহেনবা শৈরেং খরদি
লৌথোরকই মফী-মরোল
থম্মোইনা খাম্বা নঙদনা ;
অদুগা তিনখি,
মালেমসিগী ইকাইবা খঙদবা মরক্তা।

## মীকুপ অমত্তং

ওইরবোই নাংদুনা নুমিৎকী মঙাল
নোং ঙাল্লক্লে হরাওরুই !
ওইরম্মী অহিংদা নোংথাঙ কুপ্পা।

# অমম্বা অহিংদা

শুন্না মন্নবা অহিংহুগী
লমুক্করবা লম্বীহুদা
লেপ্লম্মী নঙনা ঐগী মাংদা
উচানগী মৈরা চমহুনা,
মৈঙালহুগী মরক্তা
মোমোন মীনোক্নহুনা
তাক্লম্মী নখুং থিন্দুনা
ঐগী পম্বুং,
ঐগী লম্বী ;
লৈজবী থৌনা পুম্বা পুথোক্তুনা
থাংলম্মী ঐনা
খোঙথাং অমগী মথংদা অমা,
খঙহৌদে
ভমথিরবা নোংলৈ-নুংশিৎ হুন্নকখি
মুৎখি উচানগী মৈরা
ভিনখি নঙঙু অমম্বহুদা,
মমখি অহিংদু পুংমল,
অমম্বা মরক্তুদা ঐনা
কঙঙাওনখি।

## মসিবু নুমিৎলা?

মসিবু নুমিৎলা?
অমুক মান্না মখা!
মঙাল অমত্তমু উদে!
মৈশা খজিক্কমু ফংদে!
থবাই পানবশিংগী পাঙল হাপ্লবা।
মসিদি নুমিৎ নত্তে,
নুমিৎ নত্তে,
পুংমম-মশ্মী,
অকিবা ফংনা মশ্মী!

## তিথাংগী ফম্নুং

তিথাংগী ফম্নুংথক্তা
হিপ্পি ঐনা হিপ্লিংদনা
অহিং কয়া-কয়া
নোং ঙানবা ঙাইহুনা,
শংবাম্লবা নঙগী মহৈ-মরোংগী লবুক্তা
অহুঙৈগী ঈশৈ শকুনা
মহৈ-মরোং লোক্লবা।

# খঙলম্লোই

শীকারগী নোংশানা
মীওইববু লেকপীরগা হায়রকই—
"মীওইবা নঙ ঐনা চারম্লবা
খঙজরম্লোই নঙদি,
ঐঙোন্দগী হেন্না তমথি" ⊕

# নঙনদি লাওরি

নঙনদি লাওরি
"ঐ নখোয়গী নমানি"
নচাশিংনদি হায়রি—
"ইমাগী থম্মোই পান্দে।"

# লৌথোকউ

য়াই থারম্লগা
পুল্লম্বা খোঙসি লৌথোকউ
চোংগে ঐ নোংশাগুম।

# খংজদবা হৌনশানি

তাইবংগী মপু ওইরিবা !
নঙনা শাওরমগনি মীওইববু ;
মফম খঙদবা মথৌ তৌবগী ;
নহাক্কী পেন্নবনি খন্দুনা
ঙাকপীফম থোক্রবা মরালঙুগী
নহাকপু চানবীহে হায়জিন্দুনা
নহাক্কী হকচাংগী পাম্মুজরবা
শরুক অমা ওইরমগনিস্তু খঙদবা
ফজবা হৈ-লৈ মথৈ খল্ল-খল্লগা
হেক্তুংপীরি মাঙহনবীরি,
নঙোন্দা কংপগী মীংদা
অতুদগীদি—
লাইশঙ-লাইশঙ খুদিং
শেংলবা নঙগী লৈফমনি খন্দুনা
খুরম্মী, কংশিল্লী,
হৈরাং-লৈরাং,
অতুবু কনানা খঙবা !
শায়োন য়াম্বা !
লৈফম লোংফম খঙদবা !
শকউদবা নঙনি !
অতুনা চীংনৈনে

পঙলবা মীওইবনা থাজরিবা
শেঙলবা নঙগী লৈফমনি,
নিংজরীবা লাইশংহৃদা
খঙদবা উদবা নঙগী
অমাংবা হুন্দোকফম ওইরম্লবদি
ঙাকপীয়ু অপঙবা মীওইববু,
নতিক লৈবা নগুণবু
শকচ-শোঞ্জবগী
নঙগী পামজদবা মফমদা।

## লৈরমগনি মরম

করিগীনো লৈশিংসিনা
অঙাংবা ঈ তৈদুনা শাংলক্লিবা ?
করিগীনো লৈখোকশিংসিনা
মৈরিগুম মৈশা ফাওরম্লিবা ?
করিগীনো লৈনাশিংসিনা
পেন্দবগী ম্বাকং ঙাক্না ইরম্লিবা ?
লৈরমগনি মরম অমনি
মতমগী সুংশিৎসিনা য়েবগী।

# শৈরেং ইনিংলকপদা

ঐনা শৈরেং ইননবা
খুংতা কলম পায়রকপা মীকুপ্তা
ঐবু কোয়শিল্লকই,
চাউখৎপনা লোম্লা ইজৎ মাংহনবীরম্লবী
লাইবক থীরবী কয়া-কয়ানা
মীৎলুদা পীরাং শীন্থরদুনা
ঐখোয়দি লাঞ্জদবীনি
শোল্ল-শোল্লদুনা।
লমজাও শোরোক্তনা উরকই
উন্নাউ থরাউদুনা,
হুরানবা লমদমগী
হুরানবা মকোক্লা
চখাউ ফোইদৎপা চৎপদু
চখাউ ফোইদৎনবগী শক্তি পীরুবা
চখাউ পান্নিংদবশিংগী মবুক্তা।
অমূকন্তু উরকই
মপুরোইবা কুমলায়নাবু থাক্লবা,
খোমকুলাই চুরবা
মচাগী শঙ্গোম লৈনবা,
মুংশি-মুংশিবা মঙালগী
কাহুগী মন্নুংদা চংখিবদু

চংনিংদ-চংন্নিংদ
মম্নিংতা মপী ঈরা চেল্লহুনা,
থম্মোইদা ঐদি
সতিনি খঞ্জহৌবী উপাই লৈজরবীহু।
অমুকস্থু নিংশিংলকই
মঙৈ থক-থক নিক্রুবী
মমাহুনা অৱাংবা দলান্দা
ভম্বোই-ঙমদবোই কাহুনা
হৃজিরা শুরুবগী ফংলকপা শেলহু
পিথোকখিবা মুংশিরবা মচানুপাহুদা,
নিশা চাক্লনবা,
মমাহুদি চৎথি চরা হেন্দুনা
খাংচেৎ কম্না লাকশিন্দুনা
হাজিরা শুবা।
অমুকস্থু উন্নকই মীৎসিদা
তুজুংবা ফিলম কাপ্তুনা
মপা-মচা মচিন-মৌপ্‌া
মোল্লবা সোফাদা ফমহুনা
য়ু লান্ন-লান্ন থকহৌবহু
চাউখৎপা থাক য়োরে
চাউথোকচহৌবা কাংবুহু।
অমুকস্থু তারকই
মমা ওইবী কয়াগী

ফীজিগী মণি কয়া-কয়'বু
শাহিং চাবশিংনা
শেং-শেংলদুনা চাখিবগী
থম্মোই কায়রবা তেংথাখোল,
মসিদবু—
কদায়দগী শৈরেং,
খল্লম্বা বাহৈ-রাত
পূম্নমক-ওম্নমক থোরি য়ানখি
হঙোই তুক্কৎচরবা মফমদা।

# কনাগীদমকনো ?

অচিকপা অহিংদা
শকহেল্লবী থাজনা
ফীজেৎ লৈতেং য়াওদনা
অতিয়াগী মোল্লবা মথাক্তুদা
থবাম্মীচাকশিংগ লোয়ননা
ওম্না-থোইনা খাংজবা
কনাবু ঙাইবনো খঙনিংই।
ফজবী নঙবু উবদা
নাপল কার অমংবা নোংনা
শরাক ভম্মীংবনা ঈথৌলাং
নঙবু ফাগে তাম্নবা
ঐদি পাখংলি

# থা

মীওইবগী থম্মোইদা
ফজবতা পীরম্বা থাজগী মঙাল !
কদাইদা চৎখ্রে ?
নহাক্কী নগুণ মাংহনবিগ্রব্রা ?
হৈশিংলবা বীজ্ঞাননা
নঙগী নথক্তা খোঙ্গুল তাক্লৈদগী।

# পাউখুমদি পীদে

মীওইবনা হংজে পুন্সিদা
কদাইদনো ঐবু পুরিবা ?
পাউখুমদি পীদে পুন্সিনা
লাকউদি হায়রি মাগী লম্বীদা
মীওইবনা মফম খঙদ
অসুম-অসুম হৈন্রে।

# মীহাৎ পুংদা

বীজ্ঞাননা মীওইদবু থোরি
মীহাৎপুং তম্না। ⊕

# মৈ ওইহু

ফজবী লৈ অমবু হেক্তুৎপী
লৈখোক্তগী পাম্মুবা খঙদনা,
লৈকা খুদিং থদংলি
লৈয়োন ফংনা শেগায়বী
উফুললক্তা হেক্তা লংথবী
অদুবু হায়দে,—
অশাওবগী মাহৈ অমত্তা,
থাঙংতে পেন্দবগী মাকং অমত্তা,
মীওইবগী পেন্নবনি খন্দুনা
ঙাকই মগুণ লৈ ওইবগী।
অসিগুম্বা অথাভ কনবী
লৈরাংগী মীংথোল ফংলগা
করিগী হরাওরুরী তুপী!
থোং নৌই ফজবগী মবেম্মনি খন্না।
অদুননি চাক্লিবা থম্মোইদত্তা
মৈরী থোকপা ঙমদনা,
অদুননি ঙসি
পেন্দবগী মাকংফম খঙদ্রিবা
অদুননি ঙসি
নদোম নানিং তমজদ্রিবা।
কান্নদে,
থোং নৌবা লৈগা
চাংদম্নবা য়াকুম্নু
তঙাং-তঙাংবা
ফজবা মৈরী ওইয়ু।

# থিবা হৌরক্লে

মচু তরেৎকী ফিরাল পায়দুনা
মৈহৌরোলগি লোনশিনগ্রবা সনথোঙদু
হাংদুনা চংগদবগী লাক্করি
মীওই কয়া-কয়ানা,
অমনবা য়ুমজাওদুগী মপুংদা।
থিগে খল্লি অদুগী তাবুংদগী
মণি-মুক্তা থাম্নবা সনা-লিকফাং।
চহি কয়া তুমদ-হিপ্তুনা ওাকপদা
চোকথরক্লবা মীওই লিশিং-লিশিংনা
খণ্ডুথক্তা ফাথিবা ময়াই চম্লক্লবা
যাদু-মন্ত্র শোল্লদুনা সনথোঙ ডাক্লি,
চংবা য়ারোই হায়রি অমনবা য়ুমদুদা।
ফীরাল পায়বশিংনা সনথোঙদু নমথায়রকই,
চেনশিন্নখি থিংবা ওমদনা
অমনবা য়ুমদুদা,
অদুগা হাংদোক্লকই থোঙলোন কয়া,
থিরকই লেপ্তুনা অদুগী
মাংফত্রবা ললশিং ;
লৈরম্মী তাবুংদা অশি-অনৌ য়ানশিন্নরবা
সমা-লীক্ল মচেৎ-মচেৎ,
মুকুপ লৈঙোই মরক্তা

খন্দোক-খঞ্জিল ঙমদনা,
করিগুম্বদসু উরকই—
মঙাল শেংফাত্রবা মণি-মুক্তা
খল্লম্বগা মান্নদবা।
অদুবু চংশিনখি ফীরাল পায়বশিংদি
মরোল-মরোলগী থোঙ হাংদুনা।

## য়েনবা লাবা

য়েনবা লাবনা মীওইবদা
মতম তাকে থন,
মখো পোংথোরকই খোংনবা,
মনাও ইবেম্মা য়েনবীনা
মচীন মেন্দুনা হায়রকই—
"খোংলুম্নে অপংবা
থীবোং লাউবা মীওইবনা
করি ফনবা থনবীবগে ঐখোয়গী!

## পুন্সি

নোংমৈ মরুনা পুন্সিগী
অমল লেপ্পা হৌরকপদগী
অশিবনা পুন্সিবু কোনশিল্লি
কায়গনবা বোল অকান্বীগুম।

# লাইরৈবাক্কী লৈকোল

লোইবী চীংলোন মাপগী
ঋতু তরুকপু থোগলজ
জগোই হৈবী তুরেলশিংনা
হরাও মীংোক্কা লোয়ননা
নগুণতবু শৈশক্লন্বী,
মুংশিরবী নঙগী কোলোয়না
চুংশিবগী ঈহৌকম ওইরম্বী
ঈং-তখ্রনা নহৌশানি শোম্মরম্বী,
ইমা! নঙগী লাইরৈবাক্কী লৈকোলসে
শাত্রে মহৌশা লাইরেম্বীগী
থুদোল লৈরাং অমত্তা।
তারে তাহৈদবা
মীহাংকী মীকপথোলতা,
কোরে অশিবনা
য়েংখিনবা মপৈ-মপৈবু।
তাখিদরে পোম্বী-চেক্লাগী
মুংশিরবা মরা,
খাক্লা-খাক্লা নোকপতা তারে
মীমুংশি খঙদবশিংগী,
লৈত্রে মুংশিনবা শুইজবা থিংদা
য়ৈরক্লে ইমা!



কুঞ্জবীহারীগী

অবিবা ফংলবা লানবুংগী পুংখোল,
অচিকপা মাংখরে
ইমা !
নঙগী লাইরৈবাক্তী লৈকোলসে।
লৈরাং শাৎলক্কনি থাজাদ্রে
অশাবা অভাংবা ঈত্তনা
ঈশিং ওইনা চাইবিরবদা
নঙগী লৈখোং খুদিং
কংথ্রগনি মীপাইজে মালেমদগী
ইমা !
নঙগী লাইরৈবাক্তী লৈকোলসে।

## নিংঙাই

ফিভম শেমদনা
লোংথ্রাক লোংনা হিপ্পগা
ময়া লাওনা কাখৎতুনা
কপচেৎপা অঙাংশিংনা হায়রকই
"ইমা ঐখোয় মুমিং চানিংই"
মীপাইজরবী মমানদি খল্লি
"শিরনিদো নখোয় লোয়না।"

# মীরোল্লবী নুংশিৎ

চাউখৎপগা

অহিং কয়া য়ারেকমীন্নরকপদগী
হিংবগী থবাই ওইরিবা
নুংশিৎ নঙ,
ঙসিদি নশা বাই শংদ্রে.
অমোংপা ফীজোলনা লৈতেংদ্রে
কুচু-কৃমেন ভাইফেং ভাইদ্রে ;
অদুবু নঙ—
নথোদি ভৌরি ভন্দে-মান্দে,
মীওইবগী থম্মোইদা.
অদুগা নচা পোকশিল্লি
থোৎলবা থম্মোইগী লৈমায়দা.

লায়না চেল্লবা
শোয়নাইরবা নচা ঙাক্লা।
নঙগী পাপ চেল্লবা নচা-নওশিংনা
মীওইবগী ঈ তোংদা চংখি
অদুদগীদি
পোক্লকই মীওইবা ওইনা
অকিবা ফংলবা লায়না কয়া
মালেমথক্তা শন্দোক্লবা।

## মৈ য়াংশিল্লু

চাকঙমদ্রবা খাম্বী মৈ
মৈরি থোক্না চাক্লক্লে,
ইদু নিংথৌ লৈতবরা ?
খাম্বা মৈচাক ফনবা
মৈ য়াংশিল্লু,
মৈবু য়াংশিল্লু।

## লৈত্রে

অরানবনা অচুম্ববু
খৌরি মেৎলদুনা
কম্ম লাউ হায়রি
অরানবা লৈত্রে। ⊗

## মরুম

অশা চাউনা
লৈ কোয়রিবী কৈন্যাদুনা
লুহোংফান্দা উইরিবা বোরদুদা
লৈ পরেং হুকখি
এভস মরুম কোরুবা।

## শরেং

মফি মরোল য়াওত্রবা
হয়িং ৱা-ৱা ইল্লবা শরেংচু
ঙায়োনবীহুনা ইরুজবীরি,
অঙম্বগী কোমুং কারুনবা
তাদিং জগোই শারুনবা।

## হংলাই

হংগী লাইদি কুম্মৈ ওইনৈ
হংলাই মীদি মীবু শানৈ,
কুম্মৈ ওইনা।

## অশা

মকোক য়াওত্রবা মুপাশিংদা
মখুং য়াওত্রবা মুপীশিংনা
কুন্দো পরেং হুরুবা হোৎনরি,
মমা-মপা নীংবা
মপারী অমত্তং ফংজনবা।

## মাঙ্গ্রে

ইমা-ইমা মচাবু খঙপ্রবা !
"কৌরকম্নু-কৌরকম্নু
ইচা মখোল মাঙ্গ্রে।"

## তন মচেৎ

পামজবা য়োংনা য়েনবা তন
মুম্নহনা চাবা ফংদ্রবা মীয়াম্না
মখোয় মশেল শেংনহনা চারি।

## অমম্বা

অমম্বা অহিংনা
মুমিৎপু য়োংশিল্লগা
মবুক মাল্লহনা লাউরি—
"তাইবঙপানসি ঐগী ওইরবনি
থা থরাম্নীচাক নখোয় লোইনা চারনি,
মতমহৎদা—
পূম্নমক অমম্বা-অমম্বা।"

## উমং

মীওইবনা উমং কোকথোক্লি
চাউখৎপগী মফম কম্নবা,
উমংনদি তেংথাব্নি
"মীওইবা নঙ মুৎথ্রনি"।

## কিহনবা

মীনা মীবু কিনরবদি
কনানা কিহনবা ফগনি ?
মসিনি-মসিনি অরাবা !

## হিংবা

মৈগা ঈশিংগা মুংশিনবহুনি,
থাওগা ঈশিংগা তিন্নবহুনি,
ঐখোয়না ঙাইরিবা ;
অশা অমতংগা লোয়ননা
মান্নবা হিংবা

## ঐদি খঙদ্রে

মীওইবসিবু মী ওইব্রিব্রা ?
মহোশাগা মান্নব্রিব্রা ?
ঐদি খঙদ্রে ! ঐদি খঙদ্রে

## হুরানবা চংবদ

মপুগী য়ুমদা হুরানবা চংবগী
হুক্তহুনা খোংগে হোৎনরুই
ময়াদা কবাক খল্লম্মী ।
চোংশিন্দুনা খোংকে হোৎনরুই
হুইগং থাংহুনা লৈরম্মী ।
কুমলায়না নারবা মপুহুনা য়েংলি
মনিং তম্না হুরানবনা হুরানবহূ ।

## তেনবা

ফৈরাথকী তেনবানা করেম্নরকই,
মীওইবদা অকামপেৎ থাংহুনা
"মী নঙদি শাগী লোনসু খঙদে,
ঐদি খঙই নখোয়গী লোন ।"

## মীনা ওনপ্রে

লাই! লাই
হেল্লোই! হেল্লোই!
কদাইদগী লৈরনি,
মী ওইনা লোইনা পোক্লবসিদা।

## হংঙা

মমাগী খোয়াংনা
নিংঙাই থেম্বা ওয়্লিবৈ
অহুবৈ হংঙা মীকপথোকলদা
হরাওনরম্মী মীওইবনা,
ওসিনা হংঙা মীকপথোকলদা
কিনরে! মীপাইনরে।
মী পীজত্ত্রিমখৈ
কপ্পা তোক্রবনিনা।

## অশাদি য়াওদনা

পৃথিবী নঙনা
জগোই শারি
তান কায়রবা পুংলোনসিদা,
তন্দে-মান্দে,
শ্বর থবেৎ-থবেৎ হোন্দুনা
হিংবগী অশাদি য়াওদনা।

কুঞ্জবীহারীগী

## বীজ্ঞান

বীজ্ঞান নঙনা
হৈ শিংমন্দুনা
মপু মশক খঙলোইদৌরি,
নঙবু শেম্মীবা মীওইববু
কাওথোক্নুনা
মীওইববু উরগা

নহাক
নতিন য়োংপা হৌরে,
নাপলগা লোয়ননা।

## তেলঙ্গা

শোল্লবা লংজানা
মমাই চুম্লিবা তেলঙ্গা!
নঙ ননিং তম্না থাংখংখিন্নু
থোরিদা লং লোইরক্লে,
নহাক শোয়দনা পাইগ্রগনি
মফম খঙদ অতিয়াদা,
মীকুপ্পুদা করি উপাইনো
নঙগীদমক ঐনা তৌগদবা।

# অশিবগা থৱাইগা

থৱাইনা তাম্নৈজে অশিববু
অমুক্তং শকখঙনজগে খম্ন,
অশিবনদি চেল্লি কিজরহনা
অরোইবা থৌনাদা।
থৱাইনা লাওজে—
"অমুক্তদি লেপখো অশিবা!
চহি কয়া লেপ্ল লৈত
নঙবু ফংগে তাম্নবদা
চোকথরে ঐদি,
ঐগী পুন্সি খোঙলোই,
অবা-নুংঙাই মরুপ,
হকচাং পোলাং মাস্থ
য়াখিদরে ঐনা হায়জবা
ঐবু চংলো হায়রক্লে।
পাম্মুবা খঙদনা;
নশুংলাংগী নুংশিবা মরুপ
হকচাং-পোলাং শেংন-খাইনা
ননাক্ত লাক্লে
ঐবু কিগনু অশিবা
নঙগা মরুপ ওইরসি
চেল্লম্নু নঙ চেল্লম্নু"

থবাইগী মুংশির বাহৈ . ভাবদা
অকিবা পুম্বা তুংওইনা
অশিবা চপ লেপ্পী,
খল্লি অদুগা--
''থবাইন ঐবু মরুপনি খনগদ্রা ?''
অশিবনা খঞ্জানরিভৈ
থবাইনা কোঞ্জরুই অশিববু মুংশিনা
কোল্লুবদা অশিববু
মাঙখি থবাই মক্কম খঙদ !
মতৌদু উবদা ওক্লুবা অশিবনা
খল্লি—
তাং হৈবা থবাইহুবু,
বদায়দা চংখ্রে ?
ঐ চেল্লগে
তান্নরক্লনি ঐবু অমুক
থবাই-! থবাই !
অকিবা ফংলবা থবাই !
কয়া-কয়ানা
ঐবু মুংশিবা শাহুনা।

# মপু ইবুংঙো

মপু ইবুংঙো !
নঙগী চাউ-শাংল
লূপ্না দোল্লাই থক্লা
নঙদি অস্তুম তোংহনা লৈ
চহি-কয়া-কয়া
ঙাইহাক্তাফাউ কুমথদনা।
নঙগী দোল্লাই লেং ওইরুবা ঐখোয়না
লেং ওনবা য়াদবমখৈ পুংলি অস্তুম,
তিম্থং তুম্বৌ লিক্লী-চেগাই মরক্তা;
ঈখেং তপ-তপ তাবমখৈ
খোঙথাং খুদিং;
তাবিদে রাকং অমতা
মীয়ুংশি য়াওদবগুম,
চাদ-থক্তবগী খোংগংলবা চীয়ানা
ফাজিনথ্রবা লৈয়েংশিনা
ঙসিদি ঙমদ্রে
ঈশিং মরিক অমতং থকচগে হায়বা,
অতুবু চংলি খোঙথাংদি লেপ্তনা
খল্লহনা থম্মোইদা
নঙগী দোল্লাই

য়োংকী দোল্লাই,
কৈ:দৌ ভৈনো কীন্থরক্কদবা !
করম্বা মীকুপ্তুনো?
নঙগী থৌজাল নঙগী মীঙুংশি !
দোল্লাই লেং ওইরিবা ঐথোয়দা।

## মীকুপ খুদিং

থম্মোইদা থমজনিংবা নিংশিংবা কয়া
অকাওবা নঙনা কাওহনখি নিংশিংবা থোক্কু,
থম্মোইদ তত্তনা মৈচাক পীরিবা
নিংশিংবা অমদি
কাওহ:ন্দ নঙনা
মীকুপ খুদিং
ওংলী ঐবু থাঙজম থঙদনা
অকাওবা নঙবু মায়খিবা পীদুনা

## নঙনা লৈ ওইরবা

মুঙ ওনথ্রবী নঙনা
লৈ ওইনা শাংলম্লবা
ঐগী থম্মোইদা,

কুমওন নাইদবী লৈয়াংগুম
শেম্লমগনি খল্লি ঐগী পুল্লি,
ফজবা কৌবা মহাক্কী
লোইনাইদ্রবা লমদম অমা।

## খল্লুবদা নঙবু

নঙবু ফজবা লৈনি খন্ন
শৈথাজগে হোংনৈ কয়ারক
মীকুপ্পুদা উরকই
লৈকাদা তিঙ্খাং পাল্লম্বা
লৈয়োন্দা তিনবু চংলম্বা।

## তান্নখিনি লেপ্পুনা

চাংজো নাইদ্রবা থম্মোইগী অহাঙবদা
কৌরি ঐবু লেপ্পুবা খোঞ্জেল অমনা!
লৌজরোলাউ ফংঙমদ্রবা পুক্সিগী মঙাল,
চেনশিল্লুই ঐনা খোঞ্জেলদু তমনা
লাপথোকখি অস্নুম খোঞ্জেলদুনা
অশাদি লৈহৌই,
থম্মোইগী অহাঙবা মরক্তা। ⊕

কুঞ্জবীহারীগী

